## মণিপুরদা

# কবুই জেগোয়

অহাবা শরক



অহৈবা:

গুরু অবুংবম কবুই

ফোংদোকপা
মথুরিপৌ কবুই
কৈশামথোং, ইম্ফাল

অহানবা ফোংবা
১৯৮০ ইং

লাইব্রেরিক আস মণিপুর গবর্ণমেণ্টকী অতাবা
মমলগী মেদা নমজর্বনি।

কোপী   ,৫০০

মমল
লুপা তরা

নম্ফম :
দি ফ্রেণ্ডস ইউনিয়ন প্রেস
ইম্ফাল, মণিপুর

স্বত্ব পুম্নমক অইবগীনি

# বাহৈ অমনিদং

মণিপুরদা লৈরিবা চীংগী ইচিন্নাউ কাংলুপ ২৯ গী মনুংদা কবুই হায়বা কাংবু অসি নীংথিজনা শকখঙনরবা, অয়াংবা কলচরগা কোন্নরবা অচৌবা কাংলুপ অমনি। কমদৌনা "কবুই" হাযবা য়াহৈসি থোকখিবগে হায়বদুগী মতাংদদি তোঙান তোঙানবা মত পীনরি। অদুবু অপাংগী কাংলুপ ( ৱিয়াংমৈ ), খাগী কাংবু ( বোংমৈ ) অমসুং জেমৈ কাওবা য়াওহল্লগা মণিপুরগী অবাং নোংচুপ, নাগালেণ্ডগী খা নোংচুপ অমসুং আসামগী মফম খবম্থ যাওবা অপুনবা লমদম অসিদা কবুই হায়বা পুনশিন্নবা জাতি অসিগী লৈফমনি হায়না থাজনরি। পয়মক্কী মথক্তা মঙ্গোলোইড জাতিগী কাংলুপকুম্না ভারৎকী নাংমগী মায়াম অতৈদগী চঙলকপগী য়াফম পণ্ডিতশিংনা পুথোকনদ্রি। হৌভিক ফাওবনা কবুই-শিংগী থাজনবা মতুং ইন্না মপান্দগী লাক্কুনা খুন্দায়বগী বাফম হৌদোকনদ্রি।

মণিপুরীশিংনা উৎপা কলচরেল প্রোগামদা কবুই নাগাগী জগোয় হায়নসি কাটথুমদনা ফজরবা আইতেম অমা ওইদুনা লাকি অমসুং ভারততা অমসুং য়াংমদশ খঙনরি। অদুবু মিনিট ৫ দ ংলিনা মশক অদুদি চীংদোনগী ফজবা মতেক অমতনি। পাল্লনা চাংদ্রগী মপুং ফারবা সমাজ অমসুং সংস্কৃতিগী মশক অদুদি লোৎতুনা লৈরি, মশীং য়াল্লবা জগোয় শাথেক কয়াগী মনুংদা মতেক অমমং চংদোকপদনি। অসিগুম্বা মপুং ওইবা চাওখৎলবা কবুইগী সমাজ নামনা লাইনীং লাইশোলবু মশক তাকপগী লম্বেন্দা জবাহরলাল নেহরু মণিপুর ডান্স একাদেমীগী সিনিয়র গুরু শ্রীঅবুংবম-না হন্দক "মণিপুরদা কবুই জগোয়" হায়বা লাইরিক মচা অমা পুথোকপসি মতম চায়। কবুই জাতিবু মশক তাকপা মণিপুরীদা ইবা লাইরিকশিংগী মনুংদা অতাওবা অমনি হায়-

নিংই। লাইরিক অসিনা সমাজগী চাউরাকপা মশক লৌউ-শিংউবা, লাইনীং-লাইশোল, লুহোংবা, লোয়শং লিংবা অমস্তুং চহীগী হরাও কুম্মৈগী নীংথিজরবা শম্লপা মশক অমা উংলি।

জগোয়গী খুংথেক শাথেক্কী মথল কয়া তাক্লকপদা অয়েকপা লাই কয়া য়াওহনবসিনা খঙবদা য়াম্না লায়হল্লি। অদুগীমু মথক্তা মতাং কয়ামুক্তা কবুই ঈশৈগী অর্থ মণিপুরী লোন্দা হন্দোকপা অসিনা অপাবশিংদা মুংঙাইবা অমা পোকহল্লি। অসিগুম্বা পাক্লা চাউনা লৈরবা জগোয় ঈশৈগী মনুংদগী শকক অয়াম্বা মপান্দা ষ্টেজদা উৎপা ঙমদ্রিবা অসিমক তশেংবা অরাৎপা অমনি হায়দবা ঙমদে।

কবুই হায়বা জাতি মচা অসিবু মুংশিবা অমস্তুং শকখঙনীংবা অমস্তুং কবুই জগোয়গী চাংরাকপা মশক খরদং উনীংবা পুম্নমক্না লাইরিক অসিবু জরাম্না ওক্লনি হায়বদা চিংনবা লৈতে। গুরু অবুংনম-নম্নু অসিগুম্বা লাইরিক অমা পুথোরপিবা অসি চীংমী তম্মী অনিগী শক খংনরকপদা অচৌবা শরুক অমা য়াবীরি।

জবাহরলাল নেহরু
মণিপুর ডান্স একাদেমী,
ইম্ফাল।

এলাংবম নীলকান্ত সিংহ
ভাইস চেয়ারমেন।
৭।৬।৮০ ইং

# বাহৈ খরদং

মণিপুরদা লৈবা মী কাঙলুপশিংগী মঙ্গংদা মশীং য়াম্বা মৈতৈ অমসুং তাঙখুলগী মথ দা কবুই লৈ। মণিপুরগী নোংচুপ জিলাগী লম অসি কবুইশিংগী হৌফম্নি হায়না লৌনরবসু, মণিপুরগী তমগী মফম অয়াম্বদা কবুইশিং শন্দোক্লনা লৈরি। মরম অদুনা মদা লৈবা মৈতৈশিংগা খ্বাইদগী নক্লনা চৌংগী ী বাংলুপ্পি কবুইশিংদনি। মসিদা নত্তনা মখোয়গী ফজরবা সংস্কৃতিগী মশক, সমাজগী চৎনবী, লাইনীং লাইশোন, লৈবাক য়াথেং, বাবী জগোয় অমসুং ঈশৈ মরাঙ কায়না লৈখ্রি। মসিনা কবুই হায়বসি নিরম্বা মী কাংলুপ অমনি হায়বা তাকই। মখোয়গী শিজেং, নপাননা মচগী খুংগং য়. জগোয়গী মশক হুপাথোকপা অমসুং তম্নেম্বা নপীগী ফাখোং য়াউই অমসুং ফালনা য়োমত্তনা শেম্বা মওংশিংনি। ঈশৈগী মশকশিংসু অতুমওাথ।

শ্রীঅবুংবা জবাহরলাল নেহরু মণিপুর ডান্স একাডেমিগী কবুই জগোয়গী গুরুনি অমসুং মহাক্কী ইংগি:রদা নেনুকী জগোয় হায়বা লাইরিক মচা অসি মায়কৈ চসেংদা অকানবনি হায়না হুংশাইনিঙাইদি ওই। অহুবু কবুই জগোয়গী মচলশিং অমসুং মসিগী কোনবা ঈশৈশিংগী মরমদা মনুং তানা নৈননা হায়বত্তুদি থোক্নি। গুরু অসিনা তুংদা অসিগুম্বা লাইরিক অমা পায়খৎলক্কনি হায়না থাজৈ। মতুংগা লোয়ননা লোফম তান্নফমগী মবী মখোং খরসু পীবীগনি খল্লি।

শ্রীসিঐচ, মনিহার সিংহ
সেক্রেটরি
মণিপুর ষ্টেট কলা একাডেমি।

# জগোয়

জগোয় ঈশৈগী মমি অসি মীওইবনা থোরক্লিঙৈ অমম্বুং জাংকী ইতিহাসশিংনা লৈত্রিঙৈদগী হান্না লৈরকপা। মরম্না জগোয় অসি করম্বা মতমদগী হৌরকপনো হায়বসি মাওইবা ইতিহাস হৈবা কনা অমত্তনা হায়বা ঙমদে। মরম অদুনা জগোয় অনম্বুং ঈশৈ অসি ইতিহাসকী হৌরকফম মকনি। পুংগুম্বা জগোয় অদু করিনো হায়না খংনরবদা মীওইবনা ব্রা ভাংদনা হকচাংগী ফজবা শাথেক, ইঙ্গুন অমম্বুং ইঙ্গীতকী শকক্তনা পুক্নিংগী ব্রাবু মাঙোন্দা ফোংদোকপা ঙম্বা শককশিং অদুবু জগোয় হায়না কৌই। জগোয় অমম্বু ঈশৈনা ঈশ্বরগী খুৎশেমশিংবু থাদোক্লবা ঙমদে মতম লৈবা খিা ক্রা লিপুন অমগী মথাদা পুন্দুনা লৈ, মরম অদুনা জগোয় ঈশৈগী পাঙ্গলদনা স্বর্গগী হুংভাঔবা গুণবু মর্ত্যদা পুরকপা ঙমই, জগোয়বু খ্বাইদগী অৱাংবা যোগনি হায়না খংনৈ।

অইবা

# চীংমীশিংগী শমলপ্পা ৱারী

চীংমীশিংগী জগোয় ঈশৈশিং অসি অমগা অমগা লোইনা খেন্নে, নাগাশিংগী জগোয় ঈশৈ অমসুং ফিজেৎ খেন্নৱগসু চৎনবী নিয়ম (কষ্টম) দি অয়াম্বা মান্নে হায়বা য়াই। মখোয়না লোল মান্নদবগী মতুং ইন্না থৌদোক্কী মমিং খেন্নে, কুকি (থাদো) না জগোয়বু 'লাম', কবুইনা 'লহাম', তাংখুলনা 'চকোই', মাও মরাম ইচিন ইনাওশিংনা 'ওদো' হায়না খংনৈ। মখোয়না লৈকম অমসুং হৱাপানি খেন্নবগী মতুং ইন্না হৱাও কুম্মে অসিবু কনানা কালেন থাদা, কনানা নিংথম থাদা তৌই। কুকি (থাদো) ইচিন ইনাওশিংনা চিংজিন থাদা তৌবা কুম্মেবু চাংকুট, মৱন্নাই ইনাক কৈৱাক খুনবা মানা তৌবা কুম্মেবু চাং-আই শা-আই হায়না কোই মহুদসু নংনা মখোয়দি য়ুমথোং খুদং স্নামহি লাংলি স্নামহি পূজা অসি মখোয়গী খ্বাইদগী অচৌবা কুম্মেনি, মতুবু অকাং-থা নত্রগা টিহুন হায়না খংনৈ। মসি হুমিৎ মারি মঙানি হৱাওই, শজিবু থাদা তৌই, জগোয় ঈশৈ থোইদোকপা য়াওদে, চাং-আই, শা-আইদদি জগোয়, ঈশৈ য়াম্মা তৌই, মতৌ অম্নুয়া তাংখুল ইচিন ইনাওশিংগী খ্বাইদগী চাওবা হৱাও কুম্মে 'জাংকিশু' (য়ুম হোংবা) হায়না খংনৈ। তাংখুলদি খুন খুদিংগী লোল মান্নদে, লোল খেন্নবগী মতুং ইন্না মমিংসু খর খেন্নে। মখোয়গী খ্বাইনা খংনবা লোলদি উখ্রুল লোলনি। মতৌ অম্নুয়া মাও মরামশিংগীসু চহিগী খ্বাইদগী চাওবা কুম্মেবু চিথুনি কৌই মসি পোইন্নু, ৱাকচীং থাদা তৌই মাসদা জগোয়, ঈশৈ থোইদোকপা য়াওদে অকন অথৌগী থবক মুক্কা, চেক্লোং, মাংজোং, মুং হুনবনাচিংবা অথোই অহেন তান্নে মসি হুমিৎ মঙানি হৱাওই। চহিগী অহানবা লৌতাবা মতমদসু সালুনি হায়না হৱাওবা অমসু লৈ অসি নভবা চহিদা মৱন্নাইগী উৎসব কয়ামকুমসু লৈরি মহৌদি য়ুম শাবদা চিচোং হাপ্পা, নিংশিং মুং য়ুংবা, খুনজাগী পোথাবা মুঙাইনবা পোথাফম মুং চনবা অসিনচিংবা উৎসব কয়া লৈরি।

অইবা

# বহৈ খরদং

লাইরিক মচাসি কনাগুম্বা খংনিংবা কাওবশিংগীদমক কবুই জাতিগী জগোয় ইশৈ অসি লাইনা খংবা ভম্মবগীদমক য়াম্না পিকশিন্না ইবা লাইরিকনি, হৌজিক লাইরিক অসি জবাহরলাল নেহরু মণিপুরী ডান্স একাডেমীগী জগোয় সেলেৎসকস্থ মরা লৈনবা মচুগীস্থ মথক্তা কবুই জাতিগী পুন্সি, য়ুমবান কৈবান জগোয় করম হায়না শাগদগে, ইশৈ করম হায়না শরুদগে হায়বস্থ মওমগা চুনবা মওংদা গেন্দুনা ইজরি। লাইরিক অসি পায়রগা খরমখৈদি ওনা যাওরবস্থ চাওবারা শাবা, শকপা কাওবা ভমগদ্রা খনছে। লাইরিক মচা অসিনা কবুই জাতিগী মহুৎ শিন্দুনা পাব চাওরবা কবুই বলহেরং নপান্দা শন্দে বচবা হায়বসি অইবগী আশানি। লাইরিক অসিদা পাহে লেতেং যজ্ঞদবা যাওরবস্থ তাকপিরকপা লাই গুরুশংবু থরাম্না ওবচরি। লাইরিক অসি ফোংবদা মণিপুর ষ্টেট কলা একাডেমীনা লুপা ১,০০০ মতেং পাংবিখি মচুগীদমকস্থ মণিপুর ষ্টেট কলা একাডেমীবু তৌবিমল খংবা উৎচরি।

লাইরিকসিগী মশক শেম্বদা কোংগ্রাইলাৎপম শ্রীসুন্দর শর্ম্মানা কোবরগী দিজাইন তৌবিবা মচুগা লোয়ননা যেকপা মস্থগী ফোটো ব্লোকচিংবা রিৎস তৌবিবা, লাইন ব্লোকদমক যেকপীবগী ভার অসি লোইনা পুবিখি। ঐহাক্না লাইরিক অসি ফোংবা ভমজবসি কোংগ্রাই-লাৎপম শ্রীসুন্দর শর্ম্মাগী মতেংননি মহাক্কী তৌবিমলসি মপোকসিগী শমন তোল্লবনি।

অইবা

# মণিপুরদা কবুই জগোয়

**অহানবা শরুক**

## কবুই নাগা

জাতি অসিগী হৌবকফমদি মণিপুবগী সেনট্রেল ডিষ্ট্রিক্কী নোংচুপ-থংবা চীংশাং অসিনা পন ওইনা মহৌশাগী প্রকৃতিগী শফলোনবু কাই-ছন্দনা মশাগী সংগতিবু ঙাকনা চংলিবা তমেংলোং সব-ডিভিজন অসি কবুই নাগাগী হৌরকফমনি। চাওবাক্না বর্গ মাইল ১,৭৭১ নি. মসিগী অরাংদা টুযেনশাং, নোংচুপতা কাছাব জিলা, খাদা চুরাচান্দপুর, নোংপোক্তা ইম্ফাল সেনট্রেল ডিষ্ট্রিক লৈ। হায়বিবা চীংশাং অসিদা কবুই খুল ১৯৫ (চামা মরিকুতবামঙা) বোম লৈ. মসিদসু নওনা মণিপুব তম্পাক্কী লমদমদসু মীতৈ ইচিন-ইনাওশিংগা তোংনদুনা কবুই খুল ৪৫ (নিফুমঙা) রোম খুন্দামিন্নরি। মখোযদি অযাম্বা মতমদা রাংলবা চীংদোন্দা খন তাই, মদুনা শা-লান, অনা-অযেক্কী খুদোংচাবা ফংননবগী-দমক মকওইনা মখোয়না অরাংবা মফম য়েংলগা খুন তাই। মখোয়না পানখিবা খুন অদুদি চহি চা কযা অদুম পানখ্রবনি। পানখিবা খুন অদু থাদোক্তুনা চংপা অসি মখোযগী চংনবী নত্তে তৌহৈদে হায়দুনা মপা-মপুগী চংনবী থাদোক্তনা অদুম পাম্লি।

কবুই নাগাগী জগোয, ইশৈ অসি মণিপুবদতা নত্তনা পৃথিবীনা শক খঙলবা জগোয়-ইশৈনি, কবুই নাগাগী সংস্কৃতি ওইবা কলচরদি য়াম্না পাক চাওই। ট্রাইবেলশিংগী মবক্তগী খ্বাইদগী শিংথানবা য়াবা মীওোন্দগী মীপান তাংদনা মতোমতনা সমাজ অসিদা হিংবা ঙম্বা জাতি অমনি হায়বা য়াই। মখোয়গী জগোয়-ইশৈদি হৌফম লমদম প্রকৃতিগী

ইংলবা শকলোনবু খুৎশম্না চৎনিন্নরি, চীং-লেমই, মীপুম খুদিংমকপু নৌঙুনতা লৈহনবা ঙমই। জগোয়, ইশৈ অসি থাইনা য়েলকোইঙৈদগী হৌমিন্নরকপা মাওইবগী পুন্সিদা চংদবা য়াত্রবা উৎসব, কর্ম্মশিংগা থাদোন্নবা য়াত্রবা প্রাচিনগী জগোয় ইশৈ ঙাক্তনি। অদুগুম্নবা কবুইগী জগোয়. ইশৈশিং অসনা কবুই নাগাগী পুন্সিগী থৌরম পরেংবু মপুং ফানা পাংথোকই। কবুইগী পুন্সিগী থৌরম পরেং অসি চাওরাক্না অনিথোক্না খায়দোকপা যাই। অহানবদা মাওইবগী পুন্সিদা থোরকইবা দেব-কর্ম্মশিংদা পাংথোক্লিবা উৎসব কয়ামক্তা পোকপদগী শিবা ফাওবা থোকলিবা ষষ্ঠী, নাহুৎ-নাবে, নগুণ থাংবা লুহোংবা, শিবা অসনচিংবা। অনিশুবদা লাই তিনগী ইরাৎ থৌনিবদা তৌবা উৎসব, কাহেন কৎপা, ঈশ্বরনা পেনবানবা (চানবানবা), থোনজবা মখলগী কর্ম্মশিং অদুগুম্বা উৎসব অসিবু তরা নাইশুমে হায়না বেই। মথক্তা হায়খ্রবা মাওইবগী পুন্সিদা থোকইবা দেব-কর্ম্মশিং অদুগুম্না কবুনগাইমে' নাইমৈ' গানপী কাদমৈ' খবোন বাদমৈ' থেবাদমৈ' হায়না উৎসব অসি খাযদোক্লুনা চৎনারবা জগোয়, ইশৈশিং অসি মংম মতন আনন্দে রসম্ভ খেন্নে। নাস্নৈমে (নাহুৎ-নরে) নাদা থাদা পা থোকই. গানপী কাদমে (নগুণ থাংবা), খবোন কাদমৈ অমসুং থে বাদমৈ (তিরোই) নচিংবা অসি 'গানডাই' অমসুং 'লিডাই' হয়রাওংদা পা থোকই। কবুইগী চৎনবীদা মাঙব, লাইশং লৈতে। মথক্তা হায়রিবা কর্ম্ম, উৎসবশিং অসি শুমাংদা ভাবনা লৈশিংগা পা থোকখবা ওত্তানি। অমম্না হয়রাওনা (উৎসব) অসি নোংজু থাদা তৌনদে। খোঙ-খুৎ কংবা মতন- পোইন্নু, রাকচিং, ফাইরেল, লমংাদা হয় ঙনে।

কবুই নাগাগী জগোয, ইশৈ হৌরকপগী থাইনগী রারা লৈ। থাইনা মমাংঙৈঙ্গদা মীওইবা ঐখোয় অসি মুম-কৈ শাদুনা পাল্লকতে। শাঙাদোনা উখোংদা. লৈকুৎতা, লৈরাইদা পংলৈ লৈদুনা পাল্লম্মী। মফিমরোল ফাওবা শেৎলমদে, মানা মানা ঙম্বা জীব হাৎতুনা চানরম্মী।

অস্নুম হায়না পাল্লকপা অসিদা লাইশিংদি অরাংবা চীংদোন্দা মীনা তাদবা মফমদা পাল্লি হায়নৈ। মীওইবনা লৈরিবা লম অদুগী লোক্কী রাংমদা রাংলবা চীংদোন অমা লৈরম্মী মদুগী মতোন অবাংবদা মমি-শামি মৈথু খুবা, য়ুমদোনা মানবা খুন তাবগুম উরম্মী, মদুবু মখোয়না লাইরৈবাকনি হায়না থাজনরম্মী। মদুবু কনানম্লু য়ৌকবা গুমলমদে। নোংমা মীওইনা অনি লম কোইসি হায়না কৌনম্না লাইরৈপাক তম্না লাকম্মী। চৎপগী য়ৌবা নাইরম্নদে, চংলি খুদিংগী অস্নুম নস্নুম লাপথোকখিরম্মী, মবানি য়াম্না রারে, রারস্নু রানা মসিদদি ময়োৌরগে হায়না হোৎনত্নুনা মনৈথদা য়াম্না রানা যৌবকে। থাগলপ্পা পোৎশারগা যেংলম্মী; লাই-রৈবাক্কী য়ুম্নৈ-কৈরৈ তাদ টংদা মনাদি পুনম্ভক কম্মী। ডাইহাক খনগা নমনা হায়রম্মী মবে মসিদি নেশা উপাই তৌদুনা কনাগুম্ব। অমগী নযুমদা লেকখ্রসি হায়দুনা মবানি লাউবা য়ুম অমদা হেক্লা চংলে। য়াদি তদনা হায়রকে, - হে তাইবংমী। নখোযদি করিগী লাক-পনো? নখোয় অসিদ চ। য়াদে, নখোয়গী য়ুমথুংফম পীদে, চৎলো হায়না তারে, মাতুদা মীওইনা অনি লাতুনা ঐখোয় ভসিদি থেংলে হয়েং নোং ভাত্রগা চৎলগে ভসিদদি লেকলগে, ঐখোয়গী চানবা খরদং পীয়ু নখোয়না লৈযু হায়বা মফমদা লৈগে হায়না হায়জরে। লাই অদুনা ফরে অদুদ নখোয় শুমাং মতোন্দা লৈযু হেক্তিনবা য়াদে, নমাইস্নু মথকলোমদা হঙ্গৎনা য়েংবা য়াদে হায়বগা শুমাংদা থারিবা হঙ্গাম অদু পাম্বী অনি অহুমদ, ফুরুগা পীনিরমলে। লমকোইবা মীওইবা অনিদুনা ফরে তদু পাইরে হায়দুনা হঙ্গাম মপুন অদু শাংন থোংলে অদুগ, চারে। হঙ্গাম অদুনদি শাংনা থোংজিত্রবনিনা চাবদদি হঙ্গাম অদু রাংনা থাঙ্গৎলগা... চাত্রলদি য়াদবনিনা রাংনা রাংনা থাঙ্গৎলগা মনাই হঙ্গৎতনা চাবা অদুদা লাইশিংনা শারিবা য়ুমশা-কৈশাগী মওং তাদু লোইনা উরে। মখোয় অনি য়াম্না হরাওরে। মথংগী নোং ডানকাত্রিডৈদা মবানি মীরমলেন্দা কুম্নকলে। মতৌ অস্নুম্না হৌজিক ঐখোয়গী য়ুম্বান-কৈবান ফজম্নিবা

অসি মবানিনা লাইরমলেনগী মতৌ-মওং অদু পুরক্তুনা মতৌ তম্বনি হায়না রারী তৌনরি। মতৌ অসুম্না কবুইশিংনা (অহোং য়ুম শাবা) তরাংকাইশুমৈ হায়ডুনা চংনরিবা উৎসব অসি লাইরেম্বাক্কী লাইশিং অদুগী য়ুমশা-কৈশা মওং অদু কায়দনা য়েক-খোংপা ময়েক লাললনদনা শাবা য়ুম অদুবুনি। য়ুম অদুগী শঙাবদা হুমিৎ মঙানি চানা উৎসব কৎলি, মদুদা জীব পুম্নমকপু বার্ত্তন তৌডুনা ডমজবা মখৈ দান তৌডুনা পীজ-পীথকপনচিংবা চাঞ্জাক মখল-মথেলগী মহৈ-মরোং য়েঙ্খোক্তুনা মীওইবগী য়ুমপানবগী লম্বী হৌদোকখি। অরোইবা মঙানি শুবা হুনিত্তা জগোয়, ইশৈ নাচংবা শা-শন্ডু না জগোয় তৌই। জগোয়, ইশৈশিং অসি উৎসব অদুদগী হৌদোকখিবনি হায়না থাজনরি। অদুগুম্বা উৎসব অদু মীওইবগী পুন্সিদা "হায়পৌন্নাং" হায়না লাইগুম্নবা মীওই অমনা উৎসব অসি পাংথোকতুনা মীওইবশিংদা ধর্ম্ম অসি শন্দোকপীরম্মী। অদুগুম্বা উৎসব তরাংকাইশুমৈ অসি কৎপা হুন্নবাদ কবুই জাতিগী ওইনা অরান-খুভম ফংই। শিরবকান্দা লাইরেম্বাক্তা তিম্রি হায়ডুনা অসিগুম্ব মহাযজ্ঞগী মশক ওইরবা উৎসব অসিবু কবুইশিংনা কৎনরি

---



লে-কা'রকপা



থুম্মো'ক শা'বা



কি ( থ্বাংদা ) শাবা



ওকচাক হুনবা

# য়ুম পানবগী থবক ইনখাং

কবুই নাগাগী য়ুম পানবগী থবক হায়রসি লৌ-শিং উবগী থবক্কা খ্বাইদগী মরুওইবা থবকনি। লৌ-শিং উবা ইখোল লোইনা অসিবু ইপা-ইপুগী রাহৈদা লৌউ-শিংউবা, শি য়েন থিন। য়ুনশা-কৈশাপা নাসি-নচিংবা চৎনবী য়ুমবানলোন রাহৈ অসিবু কবই-তোন্দা থি লেম-তুইজুনৈ, কাইশু-লাওরোইমৈ হায়না খংনৈ। তপাংগী লৌ মউগা চাগী লৌ মউগা য়াম্না খেন্নৈ মখোয়না তম্না চী মাইদ য়োং মচান শাংনা তৌরগা উই। চহি খুদিগী লৌফম হোং তেংহুনা দৈ। লৌফম হোংদ্রবদি মহৈ মরোং ফনে। মবন লাভ্না লৌফম তৌবা হোনবা হোৎনবা অসি মখোয়গী অচৌবা থবকনি। মখোয়না তানৌনা লৌফম অদু উ-রা য়াম্বোকতুনা মৈ থাদোকই অমসুং লৈশাও চেলহলি মতুংদা লৌ উই। মখোয়গী লৌদি কৈদোম লাইতংদে পাক্তক্লনা মন ক্রনগা উবনি, মকওইবা পোথোক্তি পান, তা, তাল চলাক কৌ, মোরোক, পানামনা, কমলা, চম্প্রা, থোইদিং, লশিং অসিনা অথোইবনি।

মতৌ অসুম্না য়ুম পানবগী থবক ইনখাং শু-নোম্বগী থোরম পরেংবু লাওহাই-লাওদিমৈ, হায়বদি (লৌ খাওবা যেবন) খনৈ। কাইশু-শামশুমৈ (য়ুম-কৈ শাবন) খংনৈ। থি লেম-তুইজুনৈ (শিং-য়েন থিবা, ঈশিং-মাইশিং শোকপা) অসিবু খংনৈ। পয়নগী রাহৈ অসিবু পুন্নপা খংনবা রাহৈবু কাইশু-লাওরোইমৈ হায়না খনৈ। হায়রিবা কাইশু-লাওরোইমৈ অসিগী থবক্তা থায়না মঙল-লমনশিংনা নিযম অমগী মথাদা ফজনা শেম্বীরম্মী। কুমগী ইনান শানবা লৌ তারগে হায়রবদি ফোগোবা পূজা হান্না তৌই, মাতুগী তুংদা মবন্নাইগী লৌ অদু শুবা হৌনরনি। লৌ শুবা হৌনরকপগী মতুংইন্না লৌ-শুবগী ইশৈ নোংমাইশু শক্তুনা শুনরকলে।

## ইমুং মনুংগী শিজিন্নবা পোৎ-চৈ



লংগন্ডু



খুক



করোং



ন্বা



জোলাই



জৌমু

ইমুং মনুংগী শিজিন্নবা পোৎ-চৈ



ফু



লি



খুন (বুই)



বাং

হৈলাও ককচুইনলুই আইলোযে, মৈ লমমৈ গংনলো হৈবুমৈনৈ গংনলো, লাওলোন ককখো চুইথৈনৈ শাই চুইথৈ কজাইগাইনা লোংলুবুয়ে ।

**অর্থ ঃ—**

ঈশিং মাইশিং বযা থেংনবস্থ ঐদি উখিদ্রি, ঐহাক্তি ঐগী ফংখিদ্রবা মৌবী রাবনা থবা গোবক্কা ঈশিংদনা ইকজৈ, অতোপ অতোপা মী বযাচু লাঙ্কুনা চৈজ ঐ কী ফংশিজবা লৈশাবানস্থ লাঙ্কুনা পুদে, মাইথেংননা চংবনই। মবাইবক কবা ঐহাক্কী লোবাবী ঈশিং ভসে ।

অম্মুমা লৌউবগী শিঙ্গা মখল মথেল পাস চংথবা। মতুদা কৌ পাম্বীশিং অদু নোংমা নোংমগী যাম্না থুনা চাওবলে মগা ল শাংলকলে, মহৈ মবো পাংলে, ফজনা মুগে, লোকগা নঙম থেবে। জাতিগী চংনবী মতুং ইন্না ফৈ গেপা পূজা তেবে, তে জোগপা হৈনরে। ফো অদু লোল্লগা লৈশাবা পাখংনা যৌ অংযুম তন্না থোঙ্কিল্লি। হোনবা লোইববা মতমদা লৈশাবা পাখ মবম্না যুম্গীদা অচা-অথক তৌই, মাচুদা ইশৈ নোংমাই কযামকম শকই। অচুবু মতম-গা হাযনা খংনৈ।

**ইশৈ—মজালু ঃ**

হাহে, হাহে, ইযে তুযে। লোই কতা নলে, লোই কতা নসে ইয়ে শিমপোং তিমখে। ··· তুযে। হে শিমপো। তনলনা ইয়ে, চাংবাব বংনুং শাও দেও লুম গুনখো ও তুযে ॥

**অর্থ ঃ—**

হা হে হা হে, হায়না উচেক-রায়াশিংনা খে লি, উচেক-রায়াশিংনা হায়রি লৈহি চুপশি হায়না, মুংঙাইনা লেনসি মোংশোং মরক্কা, লাংচুনা লৈহি অদু চুপলুরগা।

অমুম হায়না মখল মথেলগী ইশৈ কয়ামরুম শক্নুনা রা-রা লাওনা থুংইনা অচা-অথক তৌদুনা অরা-অনা কয়া কোকহল্লি। লৌ লোকপা লোইরগ খুনগী অংল লমর্নশিংনা হন্দক্কী চহিগী কনানা খ্বাইদগী মহৈ মরোং লোকপগী হায়বা যেক্ই, মাদুগী দোংজাওমৈ হায়না খঙনৈ। খ্বাইদগী হেন্না লোকপা ইমাদা অঙনশিংনা ইশৈ তৌই. মাদুগী কোনগুমৈ হায়না খঙনৈ। হায়রিবা ইশৈ-নোংমাইশিং অসি মখল অমমমনা মশীং খংদনা লৈখ্রবনি। মসিদদ মমিংতা ওইনা খুনবগীদমক মশক অমমমতা তাকহনি। অমুম্বা চহিগী মহৈ মরোং লৌউ-শিংউবগী থবক অসি অমুম্বা লোইশনি।

## লোয়শং

কবুই নগাশিংনা শুন অমা পাল্লবাদ লোয়শ তকক লৈগনি। অহানবদা পেকাই (থেৈব) খংলোন কাইব, মাথেন কাইবং, বানজা কাইবা, খংতু চুপাসনচবা।

পৈকাইঃ নাস রযেন বিচাবগী লোবশনি, মসিদা খুলগী রাথোক লাংলোক লেইননক থায়োম্ল। মাসদা খুনগী খুল্লাকপা, খুনবু, হাযফুনা ফমথোন পিদুনা অহলশিং তবানুক লে. মখোয়গী মখাদা চাংলোই হাযদুনা অহলশিং অদুগী ওমথ দা মীয়াইগী পবে তকক, তরেং-কুম্বা লৈ। রাথোক লাংলোক্কী রায়েন বিচাবদা মখোয়না অচুম-অরান খন্নদুনা তাখিবা অদু চংনগদবনি মাদু য়ানিংদবা লমহেনবা মী অদুবু খুনগী তংথোকই ময়াম মরক তিন্নহন্দে। হায়রিবা পৈকাই অসিনা খুনগী অক-ফভা লোইনমক য়েংশিনবা অসি মখোয়গী চংনবীনি।

**খংবোনঃ—** মসি মথক্তা হায়খিবা চাংলোইশিং অদুগী পুনফমনি। মখোয়দি চহিগী হবাওবদা খরা পুনবগী রাদনি, পৈকাইদোনা তোইনা পুনবা লোয়শং নত্তে।

মাথেন কাইবং :— মসি খুনগী যুম পাল্লবী মৌশিংগী লোয়শং (পুনফম) নি। মখোয়দি চহিগী হয়াওবদা খরা পুল্লগা চামিন-থক-মিন্নরগা লোইরে।

বানজ্বা কাইবং :— মসি খুনগী হন্নুবা হন্নুবীশিংগী লোয়শংনি চহিগী হয়াওবা মতমদস্থু পুখ্রি। মরুওইনা অঙাংগী নাহুৎ-নারেংগী (নাহুমৈ) হায়বা হয়াওবা থবক অসি মরুওইনা পাংথোকপা লোয়শং অমনি। অঙাং পোকপা ষষ্ঠী তৌবা, মনা হুৎপগী থৌরম পরেং অসি হায়রিবা লোয়শং অসিনা লোয়না তৌগদবনি।

খংচু :— মসি খুনগী পৈকাই (রায়েনশং) কাত্রিবা মুপাশিংগী পুনফম অমনি। খংচু আসনা খুনগী মৈক্তৌ-লাংপোক, শা-লান, অশোয়-অঙাম পুম্নমক্কী দায়িত্ব পুই অমস্তুং নহা ওইরিবা পাখংশিংগী শিন-দমশং অমনি। মসি য়াম্না মরু ওইবা লোয়শংনি, লোয়শং অসিদা গ্রুপ (কাংলুপ) অহুম থোকনা খায়দোকই- খংবোন, গানপী, শিংথাংলোয় অসিনচিংবা। মসিদা মকোক থো বা অহলশিংনা নহা ওইরিবশিংবু শান্ন-খোৎনবা, মুরা, লমজেন, চেঙোং, মাংজোং, মুং লংবা অমস্তুং ইশৈ-নোংমাই, জগোয়নচিংবা পুম্নমক তম্বী। হৈক্রগদি ফুহনা চৈহনা রায়কই মযুমদা ভুমকনদে, খংচুদা লৈহল্লি। লমচং ব্যবহার তম্বীনৈ মসি খুলগী য়াম্না মরু ওইবা লোবশংনি।

লুচু :— মসিস্থু মুপাগী খংচুদোনা লৈশাবীশিংগী পুনফম শিন্নাইবা তম্বীফম লোয়শং অমনি। খুলগী লৈশাবীশিং পুম্নমক লুচুদা লৈহল্লি, মসিদা নিংঙোল লাকপা (ভুনা মুনশিনমৈ) অমনা মকোক ওইহনা মথোয়গী অফ-ফত্ত পুম্নমক য়েংশিল্লি। অহল ওইবা লৈশাবীশিংনা অনৌবা মুপীমচাশিংগী শিন্নাইবা, লমচৎ, ব্যবহার তম্বী। মযুমদা রায়কপা ভুমদবা অঙাংশিং অসি খংচু অমস্তুং লুচুদা রায়কপসি থাইনদগী চৎনরকলি।

# লুহোংবা

কবুই সুপী লুহোংবা হায়বসি চংনবীগী মতুংইন্না য়াম্না মতম চংই ; কম্বিগুম্বা য়ানয়বসু য়ায়োইপোৎ ওইনা মন ( মন্কৎ ) হায়দুনা মথংগী ওল্লকপা চহিদা পিগনি। মন হায়বদি সুপীগী মমলগুম্বনি, সুপী ময়ুম্না অপাম্বা পোৎ মশীং অদু হায়রগা সুপা ময়ুম্না তাল্লিবা পোৎ অদু মশীং গুনা পীনবা হোৎনগনি নত্রবদি য়া লোইবা য়াদে। চংনবীগী মতুং ইন্না মন ( মন্কৎ ) অসি ইরোই, শেনবুং, পুথম, থাং-তা, খুজি, লিক, ফিনচিংবা তৌনৈ। হায়রিবা মন ( মন্কৎ ) পিদুনা য়ানথ্রনদি মথংগী ওল্লকপা চহিদা লুহোংবগী সুমিৎ তম্মী। লুহোংবা সুমিৎ নকশিল্লকলবদি লৈশাবী পাখংশিংনা চীংদা চৎতুনা হৈ-লৈনচিংবা খিত্তুনা খুজদা পুরল্লগা য়ুমথোং থৃদিং লৈ য়েল্লি, জগোয়-ইশৈ তৌই মতুং 'মুনপৌমৈ' হায়না খঙনৈ। মদু তৌববদি লুহোংগদৌরমাল্লে হায়না খঙনৈ। লুহোংবা থিনবদা শকপা ইশৈনা 'লুচেল্লু' হায়না কৌই। লুহোংবা মতুং সুমিৎ মঙানিদা 'পুকপাওমৈ' ( চাকৌবা ) হায়দুনা তৌই। সুপী মপামদগী অহাও-অহাওবা চান-থকনবা পুথুনা সুপা ময়ুমদা থিল্লি। মদু লোইরগা সুপী লুহোংবগী থবক লোইশিল্লে।

কবুইগী লুহোংদুনা লোথ্রবা সুপীবু হেক্তা থাইনবা য়াদে, থাইনবা তায়বসু অহল-লমন খঙনা পৈকাইগী য়ায়েনশংদা খঙহল্লগা মথোয় অনিগী অচুম অয়াল থিরগা অহলশিংনা অমুক তাইশিল্লবা হায়গনি মদুগী তুংদা অমুকসু হজিন-হজিন্না য়ায়স্তুবা মতমদা থাইনবা য়াকম অসি য়াবিগনি। অদু নত্রবদি থাইননিংই হায়দুনা মথোয় অনি ওাক্তনা হেক্তা থাইনবা, কাইনবা য়াদে। থাইনরিবা সুপী অসিসু থাইনরে হায়দুনা মপামদা হেক্তা চংখিবা য়াদে, থুলগী অহল-লমনগী ( পাখোল-লোই ) চারলোই থায়গা মহাক্তী থাইনবগী য়ায়ী অসি মপামদা ফজনা

অন্নগা মুপী অহু পুশিনবীগনি। মহুদতা লৌন-লৈনন্নিবা মুপী অমবু থাইনবগী থবক ময়েক শেংলে হায়না লৌগনি। লুহোংবা থিনবদা শকপা ইশৈ—

**লুচেম্মু :—**

পুইপুকাই ততোনজিনা কুমৈনৈ তেংকৈনা জিং, হে, হে, পুইপু-কাই ততোনজিনা কুমৈনৈ তেংকৈনজিং, হৈ কুমৈনৈ হেং হোয় ॥

**অর্থ :—**

ইমা ইপাগী য়ুম থাদোকনিংদহুনা মুজা মহাক্তি য়ুম্বী কোন্দুনা থাংই, য়ুম্বী কোন্দুনা লেপ্পী মমা-মপাগী য়ুম থাদোকনিংদহুনা।

লুহোংবদা খুন অমদগী খুন অমা লান্না চোংখিবা তারবদি মুপী ময়ুমগী খুন অহুগা মুপা ময়ুমগী খুন অহুগা লঙনবা ওইনা নোংঙালফাও ইশৈ তান্নে মাহুগী ইশৈ অহুবু 'চপা-লু' হায়না খঙনৈ।

**ইশৈ—চপা-লু : -**

গিনপুথুলে অলু মুলো অলু গাইমংগে গিনপুথুলে নংমু খেমখো নথাং অলুথৈ লাইতংলগে, অখেম থংলিখো গিনপুথুলে, আই জিপনিমংলোয়ে, গান আইমু তুনা কনৈ ককখৌতৈ, জিপান্দনা তাবেনপদৈ শিন্দায়ে, আইমু তাবেনশিন্না মুই গিনপুতা থালেন পুতোং, অলুমৈ থং পিংনা য়ুমতুংদে এগাংজাং দিনথুই জংজিউ।

**অর্থ :—**

লমলানবা ঐগী ইশৈ তাও, ঐগী ইশৈদি ফজদে, নংনদি তান্নসি মহায়, ঐদি তান্নবা ঙমলোই নোংঙানফাও তান্নমুসি লমলানবা। ঐদি ভুমনিংদে পাখং ঐদি লৈশা অনিগী কায়ক্তা ভুম্নগা মুঙাইনা লমলানবগী মাংদা লেন্নজগে হায়ববু ইথক থোংববুন্নু কিহুনা তোকপনি, মাসিগী পাওসি তম্বীকুচো মকম থুদিংদা।

অন্নুমা লুহোংবগী ইশৈ পরেং অসি মথল মথেল কয়ামকম লৈম্রে।

# চহিগী হয়াও কুম্মৈ

কবুই নাগাগী চহিগী হরাও-কুম্মৈ চাওরাকনা মথল নিপাল তুই। মতুগী মসুংদা 'তরাংকাইগুমৈ, বাল্লুমৈ হায়বা উৎসব (হরাওবা) অসিদি মরম্নাইগী ওইবা ইনাক-কৈরাক খুনবা মীওইশিংগী ঈশ্বরদা কৎপা (কীর্ত্তন) গুম্বা মহা যজ্ঞগী মশক ওইবা উৎসবনি, লৈবাক্কী তৌদবা য়াদবা হরাও-কুম্মৈ নত্তে, মতু নত্তবা অতৈ হবাও-কুম্মৈ তরেৎতি চহিগী ওইনা তৌদবা য়াদবা কুম্মৈ গুক্তনি। মতুদি রাকচীং থাদা চকান গানগাই, ফাইরেন থাদা লিঙাই, ইঙেল থাদা তুনডাই, কালেন থাদা গুতুই, লাংবন থাদা পুকফাট, শজিবু থাদা নপকাও, লমদা থাদা নামু অসিনচিংবা অসিনি।

## কবুই নাগাগী ধর্ম্ম-কর্ম্মগী উৎসব

মীওইবগী পুন্সিগী অরান খুভম ফংগে হায়রবদি ইহান হানবদা 'লারেনলোমৈ' হায়দুনা হান্না পুজা তৌগনি, অনিশুবদা 'মুরেংমৈ' হায়বা উৎসব কৎকনি, অহুমশুবদা 'জৈ শংমৈ' উৎসব কৎকনি, মরিশুবদা 'লগাইদাই' কৎকনি, মঙাশুবদা 'বাল্লুমৈ' উৎসব কৎকনি, তরুকশুবদা 'তরাংকাইগুমৈ' উৎসবসিনা হাইদগী ইকোন কোল্লা অরোইবা ওইনা কৎকনি। হায়রিবা উৎসবশিং অসি মথং মনাও কাইদনা লোইনমক কৎলবদি অরান খুভম ফংই, ঈশ্বরগী নাক্তা তিন্নি, স্বর্গ কাই হায়না কবুইশিংগী চৎনবী ওইনা থাজনরি। হায়রিবা থৌরম মরেং অসি লোইনমক কৎপা গুমত্রবসু অরোইবগী মঙাশুবা বাল্লুমৈ অসিদং কৎনরগা তোকপনা অয়াম্বনি।

## বাল্লুমৈ

হায়রিবা মথক্কী মঙাশুবা উৎসব বাল্লুমৈ হায়বা থৌরম অসি হাংতোকপদা হুমিং তরুকনি চাই। মসি পোইরু থাদা তৌই।

অহানবা মুমিং খৌবাই, অনিশুবা মুমিং ভকিন, অহুমশুবা মুমিং হাংই, মরিশুবা মুমিং গোইদৌ, মঙাশুবা মুমিং জোরুমৈ, কদাইপুইনৈ হায়রুবা নোংজানফাওবা জগোর চাওনা তৌই। তরুকনি শুবা মুমিত্তা লাকপুই বানজাই, নপচন হায়রুনা চাওনা পীজ-পীথক তৌরগা লোইশিল্লি। বালুমৈগী জগোর-ইশৈ মরুওইবা শোয়রবা য়াদবা মাপল লৈ। মাহুগী মমাংদা অহানবা হৌদোকপা মুপা ভাক্তুগী (প্রার্থনা) জগোরনা হাল্লা হৌগনি মাহুগী মতুংদা মুপা, মুপী অপুনবা জগোর লাকনি। মুপা, মুপী পুনবা জগোয়শিং অদুদি অহান দা জৈশুং, ভুনা কাইবোন শাংমৈ, ভুনা কাইবোন ভুইমৈ, বানজাই, লিলু শাংমৈ, লিলু ভুইমৈ, মুইলু, খোংফুং, বানলম অসিনচিংবা অসিনি। মসিগী মতুংইনবা জগোর ইশৈ কয়ামকমস্থ লৈরি। লাওহুকোন, কোন্দাই, জোদাই, কাইলোং-লোনলু, গোইপী থেংপুই-লু, চনি ফনপুই-লু, জেলেন থিপুই লু, ভুনা গান কাইলোং লোন লু, ভুনা গান মরেং পুইলু, মাইরুপৌ মরেংপুই লু, জৌনৈ, লাকপুই বানজাই অসিনসিংবা ইশৈগা কোন্নবা মখল খয়া অমগম্থ লৈরি। মসিগী ইশৈশিং অসি য়ায়া শাংবা ইশৈ ভাক্তনি মরুওইবা লাইগী ইশৈ শোয়রবা য়াদবা মাপল অদুগী ইশৈ মকোক পম অময়মরং ইজরি।

অহানবা জৈশুং :— হাও জৈশুং খাওজে জাইলে লোইভাও কুম শাওলি, থৈলি লিপিউলো কপনিদৌ দৌলেনলে। পিউলে কপনিদৌ দৌ শিন গোংলানোই ইলাম কনাওলো।

মসিদগী হৌরগা খোংথাং হোংলকপগী অথুবা ভাবদা শকপা ইশৈ

লুরেও :— হুনং খোমপুই হুনং শোয়ারে হুহৈ লেমলো ভালৈ জে, হো নংলেমলো ভালোজে, চনি চথিং থিংদৌ থিংদাই ভাচেংথিং

অনিশুবা ভুনা কাইবোন শাংমৈ :—

থিংবং ভাভুম নংকি খৌনা অম নেং শিশো হৈজুনালো, চিংখো থোখা ভুই নুংসো মংমে-গোংকুমৈ নংপুই, জাওজে খংচাক খংবমজে।

মসিদগী হৌরগা মমৈ অথুবা ভারকপদা

লুরেও :— অমা পুইচাং লমগোং থেরে, শৌশেপ দৈ লো, কুমৈ লুমৈ লাকপুই লেগো লমাগো ।

অহুমগুবা ভুনা কাইবোন চুইনৈ :—

অদ্দি পামৈ পশিং শৌপং শিংবৌ পুইদৈ, শোম্নি পশিং লম পৌ, লৌথি শৌলে । তিংনৈ মিং পংলো ও, চজিং পেমথাই হুচা কোনৈ শিগুই লে গুই ।

( অন্নুম্মা হৌরগা মমৈ অথুবা ভারকপদা )

লুরেও :— কুমৈ নংপু অওগান থাগি পংশি জোল্লো পংচুই, মংকি ভুংতি ভুংশো, শিমচুই শিমকি দৌহৈনৈ লেম্বং শৌলে ।

মরিগুবা বানজাই :—

শিংলে নমকা থুই, শিংবংতা ভুমতা ভুমতি দিথা দিমংথা লোং, শিংখুই লেমগোংহায় শিংখুই লেংপৌ থুউ, নৈলে নৈলুগান জে ।

( মসিদা হৌরগা মমৈদা খোম্হোক হোংলকপা মতাং লাকই )

চমু বোম্মা কুম পু, লিলু মজিল হৈথেম থংলো হৈ, খোল্লো পুইকুম দৌ শিম লুমলো মড়ুই চমা কুমপু চুইশিম, লমখোংজে লেংজিগাম লেংম্নলো ।

মগাগুবা লিলু শাংনৈ :—

শিংবং শিংগেন লমশো তিংথিন কুমগেন, চজিং কিদি থুহৈ চমু কুম । নম লেক শি শো বুইলেং চম্লা লুতি লুমংজে । বুইলেং চেংথা ভইনং খোইরু পুবোন ভাম্নুন । ( অথুবা ভারকপা )

লুরেও :— লাকপুই তি চমদি লংবম জে, লাকপুই তিম্ন গোংগো চম্মা থুহৈ নংকি গুই, লাকপুই তিমু মৈশোম কম্ন, লুমৈ থোম্মা ভগিনজে, নমথন কিশিম লাগুই কমলে হেলোন জোকই থাংই ।

তরুকশুবা লিলু চুইবৈ :--

লিথং দিম গাইথেমনৈ কণ্ডইবৈ, অলন নমথম মৈলুই চুদিন জে, গাইথেম লুনৈ গুইপু লেংদি থিংথোল লেমকুম কজিজে।

( মমৈগী অথুবা তারকপদা )

লুরেও :- গোংঙো অমুই তাজ্ গোংঙো অকি জেংলু হৈ জো শংথোন লুপৌ কিজেং লুংশো কতা নগুই লেনবমজে। কনা লিলুউ শংথোনলু চু জো, শংথোম লুপৌ লুইলোং বুইজেং, লমদিন ভুংঙো চীংথোন পুই-থু।

তরেৎশুবা বুইলু :-

লিলু হায় শিংজু পেন, লিথং হায় তশিং মঙুই কুম্বমজে লিলু শিংগেন লমশো লিচুন হৈথং নমগি পু। লিলু নংমি দোম্লো চুনশি জে, হৈজু জন শংজোনলো চু, হৈলি থংদৌ মনিংজে।

( অম্বুম হায়না শকথরগা মমৈ তারকপদা )

লুরেও :— কেংজাথং মথুউ থোম, অলুইতি মৈম্নমং, অলুই গুতি মঙমজে। অলুই গুতি মহোরিশো বমলেন নিজে হৈতো লুম্নিজে। কুমৈ পুই মকুকি গুইম্নংকুং নমথন লোং অশেন লোং, ঙাথেন লেংদিনাকুমজে। কুমৈ মংপুই নকিন লাগুই তিংমৈ মিংথা গুলেমলো।

নিপালশুবা থোংফুং :—

হৈগেম গেমথাই লুহৈ পুই পোন মম্নিং কৈনা শিংগুইজে। নংজু নাপোম কগৈ কৈমং লেমশিমং কৈমং লেমশি, অলম নমথন লোংথু জা লে অলম নমথন লোংথু জিলেনজে।

( অম্বুম শকথরগা মমৈ অথুবা তারকপদা )

লুরেও :— হৈ হৈজা শোকশৈ হোতৈ হেতৈ-হোলম হোতৈ, হৈতম কগাই হৈতম-না তিহো লেনলো। হৈতম তমলুই রারল হৈলং চু, হে জোহে হৈজৌ হৈলম তিং কুম, লমতিং

কুম লম ভিনা ভিহো লেনলো, পুম ভাজুই হৈজৌ লোনখা জুই, হৈজৌ শংমালে ।

মাপল শুবা বানলম :—

হৈচুন শুগোং লাকপুই, হৈচুন হৈশি হৈচুন হৈশি হৈনা শিনি লেংলৌ ঙাশনজে । চগুম দনখে লালুই ঙাশনজে, চগুম দনখে লালুই ঙাশনজে ।

( মমৈ অথুবা তারকপদা )

লুরেঙ :— অমুই লুদিন পোং গোংঙো লিগোংঙো অমুই লুদিন পোংগোং ঙল্লি গোং নমথন শিমশো লিলু লৈজে ।

---

# চহিগী তৌদবা য়াদবা হরাও কুমৈ

## গানঙাই

গানঙাই হায়বা হরাওবা অসি চহিগী তৌদবা য়াদবা হরাও কুমৈগী মঙ্গলো খ্বাইদগী চাওবা কুমৈনি। মসি মুমিং মঙানি হরাওই, য়াকচৌং থাদা তৌই। মসিদা মথল কথেলগী ওইবা জগোয়-ইশৈ কয়ামরুম তৌই। অহানবা মুমিং ঙাইগংপুইনৈ, অনিশুবা মুমিং তমচনপুইনৈ, অহুমশুবা মুমিং তুনা গানঙাই. মরিনিশুবা মুমিং নপচনপুইনৈ, মঙানিশুবা মুমিং রাংপং হায়দুনা লাইয়ামগী মকোক মথং-মনাও নাইনা ইরাং পূজা তৌরগা চহিগী গানঙাই লোইশিল্লি।

অহানবা মুমিং (ঙাইগংপুইনৈ)—

খুনগী অহল লমন্না অযুক ঙন্তাদা খুনবু কোনবা লাইগীদমক হরাওবা ঙাকপিনবা (চরুংবুং গুচেং) থাদোবদুনা হরাওবা হৌই। হরাওবগী খুদম য়েংবা ওইনা ওক হাংলি, ওক-কী পৈ য়েংঙি, মতুদা লৈবা সাক্কিনা অদু হৈ-শিংলবা অহল-লমন্না য়েংলগা লাক্কদৌরিবা চহিগী অমদি হৌজিক হৌজিক্কী অফ-ফও ফল খঙই। ওক্কী পৈ য়েংবা লোইরগা পুবচেল খোইজেল মান্ননা লৈননবগী য়াশক ওইনা (জৈগন) চামিন-থকমিন্নে। মুংথিন্দা অকন-অথোগী নহারোল চাংয়েং—মুং হুনবা, চেনজোং, মাংজোং, মুক্লানচিংবা তৌই। অথোই-অহেন (শোন) মনা পি, লৈবাক মাংদা লাওথোকই। মদু লোইরগা মুমিদাং মরূপ-মপাং চাক কৌদুনা চাকচা-হৈজানৈ। মতম অদুদা লৈশাবীনা লৈশাবী (ফাল) লুচুদা, পাখংনা পাখংগী (ফাল) খংচুদগী ইশৈ শরুগা হৌরক্কদবনি।

## নপতু করোন পুইলু, ইশৈ

কুমৈ পুইকাই থৌ, অহল্লাম থাই নাইন্নে লাংদাই শম
লোকননে, চমপন অনৈ অনজোন জাওপু কি লাংদাই শা
কুমৈপু, কশিম গুপোং বমথোন্নে।

অর্থ—

ইবুংঙো মহাক্কী শঙ্গাইদা মণ্ডপ লৈবা হৈরাং লৈ হায়নবা উচেক লাংমৈদোং পাইশিনখিববু, মরূপ ঐখোয়মু তায়জরকপবু উচেক লাংমৈ-দোংদি নত্তনা ইবুংঙো মহাক্কা মতিক মণ্ডপগা লোয়নননা চীং-লোম্না লৈরম্মী।

থেনশোনমৈ, ইশৈ

খোইদাই কাই অকিম লকগে কুমৈ পুইকাই গাইনা কিমকৈ লগে। কুমৈ পুইকাই কিমকৈ লিতাই অঙ্গুজৈফাংঙো, অঙ্গু জৈ থিপখোক্লই কুমৈ পুইকাই গাইনা কিমকৈ লকগে।

অর্থ—

খোইরেল মক্তন অসি কাইগদোবা নত্তে, অদুগুম্না থংচু (পুনকম) অসিমু কদোনুংদমু কাইবোই। করিগুম্বা থংচু অসিনা কাইদোরবমু ররাক-কী ইরেল অসি য়েংউ, নবাক-কী ইরেলনা কংলবমু থংচু (পুন-কম) অসিদি কদোনুংদমু কাইরোই।

অনিশুবা নুমিৎ (তমচন পুইনৈ)—

গানঙাইগী নিনি চনবা নুমিৎতা খুলগী লৈশাবী, পাখংশিংনো হরাওবগী শেম্মাং ওইনা হরাওবা মতুংদা চান-থক্লবা চিঙ্গাক মানা মানা ইস্বা পুনরকই, মতুবু 'তমচা' হায়না কৌই। পুনরকইবা তমচাশিং অদুগী মরক্তা খ্বাইদগী ফজবা, অহেনবা থল্লগা অহলশিংগী তিনকম পৈকাই অমম্ভুং বানজা কাইবংদা থিল্লি। মদু থিনবদা শাবা জগোয়বু 'তমচন লাম' হায়না কৌই। মদুগী ভাবত্তি হবাওবগী চিঙ্গাক অহাও-অথুম মচং ওইখা পাংশিং অসি অহল-লমন্দা মখোয়না চাত্রিরৈঙৈ মমাংদা হাম্না পিজ-নাকপনি। মমৈদা কোম্না লৈশাবী পাখংনা চাবনি হায়না তাকই মদুগী জগোয়দা শকপা ইশৈ—

**তন্নচন লাম, ইশৈ**

হে, অকিন লুতম মজনখে
অকিন লুতম ফুং গংপু,
মজন মণ্ডম লুলাকগে।
অকিন লুতম্মে, থেম লাইনৈ তম
চতৈ লেম বমজে।

অম্মম্মা জগোয়গা লোয়ননা অথেনপোং অহু পুন্নুনা থিল্লি, লোয়রগা মখাগী ইশৈ অসি শরুগা খংচু অমম্পুং লুচুদা জগোয় শারগা লোইশিল্লি।

**থেন কদিমৈ লাম, ইশৈ**

হে, কুমৈ নংপু কিখংমৈ;
মৈফাই মৈলু শিংবম জে,
চতিং ওলং কুম্বম জে,
চতিং ওলং কদি পৌতো,
চতৈ ওলং চগন চখু কুম্বমজে।
হে কুমৈ নংপু কিখংমৈ,
চলু বুং ওচোং কুম্বম জে।

**অহুবগুবা মুমিৎ (তুনা গানঙাই)**—কবুইশিংনা মুপামচা অমম্পুং মুপীমচাশিংবু অভাং ওইনা লাকপদগী লৈশাবী, পাখং ফারে, ময়াম মরক্তা তিন্দুনা শেম্মাং লোবা য়ারে হায়দুনা খংচু অমম্পুং লুচুদা ( চংবা ) তিনবা হোবা অহুবু ‘গানপী কদিমৈ’ হায়না কৌই। পাখংদগী অহল্লক্তা চনখিগদোবা অহুবুনা ‘খংবোন কদিমৈ’ হায়না খংনৈ। অহুগুম্বা লাইমিং লোবগুম্বা ময়ামদা খংননবা তৌবা কর্ম্ম অহু হুমনিগুবা মুমিৎতা পাং-থোকই। মতুদা জগোয় শাই, খংবোন কদিমৈদি গানপি কদিমৈদগী ন্নাম্না হেন্না চাওনা তৌই।

## খংবোন কদিনৈ, ইশৈ

অখেন নত্তা শুইশো, লিঙা গোংখে
খংবো তাখোন গোংখে, লিঙা তাল্লাগে।
অকিন চলু লাগে, খংবোন চলু লালে
কুমৈ নৈনা পুইশো, খংবোন তাখোন গোংচেংজে।

জগোয় অহু লোইরগা খংচু অমস্থং লুচুদা চাক-ঈশিং চাই। মহৈ-মহৈ চাক ঈশিং চাবা লোইরগা হুংদাংদা লৈশাবী, পাখং খংচুদা নোংঙান-ফাওবা ইশৈ নোংমাই তান্নে। মচুদা শকপা ইশৈবু 'লমলোন লু' হায়না খংনৈ।

**লমলোন লু :—**

লুচু কাইখৌ অনৈ লুংলৎ লা-লাথুইমংনা, লমলোন পুইচাং অনৈ
লুংলৎ লা খৈজো মুন কুমৈনৈ লে, লমলোন পুইচাং অলুং
লৎকো লালোতিকি আইমুন পুইকো অচুংনাদিংঙে,
অচুং লিজো মুন আইঙুইনা তিংশাম খাম শুখো ভুয়ে, হে,
তিংশাম খাম খং, দমলো মংকুহৈ দৈথে ভুনা অচুং ভুংঙে, হে
তিংশাম খাম খং দমলো মংশননিনা অনৈ দমপা চাংখো
গংলুলৈয়ে, খৈজো কুমৈ নৈলে।

**অর্থ—**

লুচু কাইদা ঐখোয় অনিগী থম্মোই য়াবু ফোংদোকপা ডমদহুনা লম্বী লমখাংদা চংমিন্নরকপা মতমদা ঐখোয় অনিগী থম্মোই য়াবু ফোংদোক-নসি লৈরাং মানবী লম্বী লমখাং চংমিন্নবদা ঐহাক্কী থম্মোই য়াবু ফোংদোক-চরুরগা মুজা মহাক্তি ভুমিন্না লৈথোকখ্রে। ভুমিন লৈথোকমু মুংশিবী, লৈরাং ওইনা মতম কুইনা লোইনবী ওইখিসি।

মতম কুইনগী লাইবক্তা তম্বীরোইদ্রা হায়বগী বা ঙাংদনা লৈজবনি।

মতম কুইনগীদমক তম্বীরমত্রবস্থ ঐখোয় অনিদি তাইবংসিদা ইহাদ হান্না থেংনবনি লাকউ চংলসি ইবেম্মা।

**মরিনি চনবা নুমিৎ (নপচন পুইবৈ)**—নুমিৎ অসিদা ইমুং খুদিংমক নপচনমৈ হায়রভুনা পুজা তৌই। হয়াওবদা চাইথোকখিবা মহৈ-মরোং, শেল-থুম মাংহনখিবশিং অহু অমুক হন্থিল্লবা হায়রভুনা খোমজিন পাশিন্নৈ, মাহুবু 'নপচনমৈ' হায়না খংনৈ। খংচু অমস্থং লুচুলসু লৈশাবী, পাখংগী কুম্মৈ অরোইবা ওইনা য়ামনা চাওনা চাক-চা, হৈজানভুনা য়াম্না নুংঙাইনা হয়াও-কুম্মৈ তৌই।

**মঙানি শুবা নুমিৎ (রাংপৎ)**- নুমিৎ অসিদা খুনগী অহল লমনশিংনা লাইতিন খুকমই, মভুবু 'রাং-পৎনা লারেন লৌমৈ পুজা' কৌই। খুনগী পনথোংদা লাই অচো-অপিক নাইনা মথং মথং থাইদুনা য়েন্না ইয়াংলি অমস্থং য়েঙ্হিলংনচিংবা ডুশিন ওইনা থাই। মতৌ অস্মুম্না গানঙাই চহিগী হয়াওবা লোইশিল্লি।

## থৈ কদিমৈ

কুবুইশিংনা গানঙাই হয়াওবা অসি লোইশিল্লগা চহিগী মসুংদা শিরিবশিং অহুগীসু থৈ কদিমৈ (ফিরোই) হায়বা উৎসব অসি পাংথোকই। মথোয়না থৈ কদিমৈ উৎসব অসি পাংথোকল্লিফাওবা শিল্লিবদোনা শিগ্রবশিং অদুগীসু শেম্মাং, চাকথুং লোইনা থুংহল্লি। শিবা অমস্থং শিল্লিবা অনিগী থাইদোক থাইজিন তৌননবা তৌরিবা উৎসব অদুবু 'থৈ কদিমৈ লাম' হায়রভুনা জগোয় ইশৈনা বিদায় তৌরগা মহাক্কী শেম্মাং, চাকথুং অহু শিল্লিবশিংগী মরক্তগী কোকলে অমুক হন্না ময়াম মরক্তা তিল্লে হায়না লৌরগনি। অদুনা অশিবশিংগীদমক গানঙাই মতুং হয়াওবা কৌই। মতৌ অস্মুম্না কুইনা হয়াওবা হায়বসি অশি-অনা য়াম্লগা হয়াওবা শাংথৈ।

## হরাওবা জগোয়গী ইশৈশগরেং
### চপা লায়, ইশৈ

অন্তাই লমা তুঙোলো
অন্তাই লমা তুঙোনিশৈ
কুমৈ পুতু ঙোলো।
অন্তাই লমা শোং
কুমৈ নংপু গুইমে
সঙ্কা তানা মৈঙোলো।

### সুর নোটেশন

| | | | | | | | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| ধ | স | — | র | ম | — | র্স | র্স | — | র্স | — | — |
| অন | তাই | • | ল | মা | • | তু | ঙো | • | লো | • | • |
| ধ | স | — | র | ম | — | র্স | র্স | — | ধ | প | — |
| অন | তাই | • | ল | মা | • | তু | ঙো | • | নি | শৈ | • |
| স | প | — | ম | র | — | স | স | — | — | — | — |
| কু | মৈ | • | পু | তু | • | ঙো | লো | • | • | • | • |
| ধ | স | — | র | ম | — | প | — | — | — | — | — |
| অন | তাই | • | ল | মা | • | শোং | • | • | • | • | • |
| র্ম | র্ম | — | ম | প | — | র্ম | ম | — | — | — | — |
| কু | মৈ | • | নং | পু | • | গুই | মে | • | • | • | • |
| র | স | — | র | ম | — | র | র | — | স | — | — |
| সং | কা | • | তা | না | • | মৈ | ঙো | • | লো | • | • |

